( মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিগী মনা ফংলবা )

# সনামহি লাইহুই

→ ( O ) ←



এমঃ গৌরচন্দ্র

# সনামহি লাইহুইগী মরমদা

মনিপুর ইতিহাসকী চেক্সুরকপা ঈচেল্লক্তা অনৌবা হিন্দু ধর্ম্মগী চৈথেং অমা থেংলুহুনা ইনোং হাপ্লগী মতাংদা ইবা লাইরিক্নি। মৈতৈ জাতিগী মহৌশাদগী লৈজরক্লবা মনাংপু মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী মতমদা অনৌবা ফিজোল অমা হোংখি। "সনামহি লাইহুই" সনামহিগী হৌরকফম তাকপগা লোয়ননা মুর্ত্তি শাহুনা ইরাৎ পুজা তৌখিবগী মতাংদা ইবনি। মপুং ওইবা রারৌদি গুরুশিদবনা মপারি অহুম পুথোক্লুনা লৈশেম নোংশেমহনখি। লৈশেম নোংশেম্লবা মতুংদা সনামহিনা গুরুগী মমি য়েংনা তাইবংমী পুথোকখি। গুরুগী মপারি অহুম্না কোরৌ নোংথোঙ কোইরবা মতুংদা গুরুশিদবনা পাখঙবদা কম্বাল পীরে, সনামহিনা তাইবং মীওইবগী লাই হাপ্লে, অতিয়া শিদবনা গুরুগা তেথোক তেশিন্নরা লৈনবা হায়খরে। শালওলয়াম্বা সনামহিনা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মচা ওইনা কাওররে। চহি মঙা যারক্লবা মতমদা মফি মরোল পুন্নমক অপোং ইংখোলগী উশাথক্তা য়াল্লম্নগা লাই ওইখি। মৈতেংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবা, শেলবী পাইখোম্বা অনিগী মতুংদা তুবি চরাইরোংবা হাক্তক্তা হিন্দু ধর্ম্ম পুশিল্লক্লবা হোৎনবসু মপুংফাবা ঙম্নমদনা নোঙ্গাবনা হানখি। মজাইবুঙো গরিবনিৱাজ মহাকথক্তা ব্রাহ্মন গঙ্গাধর কৌবদা শাখ্য ধর্ম্ম লৌনা লৈবাক ঙাকই অমুক শ্রীগোপালদাস বৈরাগ্যদগী গৌরয়া ধর্ম্ম লৌহুনা লৈবাক ঙাকই। মতুংদা শ্রীহট্টগী শান্তিদাসনা ভগবান্দাস, নরায়ন্দাস অনিমক পুহুনা

মৈতৈ লৈবাক্তা রমান্দি ধর্ম্ম হৌদোক্লে। নিংথৌশু রমান্দি ধর্ম্ম লৌহুনা মৈতৈ লৈবাক্কী সনামহি, উমংলাইনচিংবা পূনমক মাণ্ডহল্লে। মবুখৌ খাগেম্বা হাক্তক্তা শারম্বা অপোং ইংখোলগী সনামহি কোল্লু অহুম্ম মৈথায়রে। লৈবাক প্রজা পুম্বশু অরাবা ওইনরে, মপারি শিবা স্বাহা লাইণ্ডম্বশু অনা লাইওং খণ্ডদনা নারে। মোইরাং ললহাম্বনা খোদোক পূম্নক অসি সনামহি কোল্লু থুগায়রুবদগী থোকপনি হায়রবদা ললহাম্বদি মরা লৌদ্রে কোন্নুং চংহন্দ্রে। মতুংদা মহারাজগী সনা য়াথংদগী ঙাথি অহৈবা কেক্রু শিলহৈবা অনিনা নিংথৌ মহারানী অনিগী শক্তম মাম্না সনামহি কোল্লু হৈরে। হিন্দু ধর্ম্মগী বেদ মন্ত্রনা লাইশোন ওইরে। মতুংদা ব্রাংখৈ পুথ্রী তৌরে, নিংথৌগী মজাইবেম্মা তক্ষাসনা গুরুগী সনাখাদা কৎচরে। মপুং ওইনা হায়রবদা সনামহিগীদা ওইনা ময়েক শেংনা তাকপা লাইরিক্লি।

ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র
তাং ২৯/১১/৮২ ইং।

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র সিংহনা সম্পাদক তৌদুনা পুথোক্লিবা সনামহি লাইছুই হায়বা লাইরিক অসি পাজরে। লাইরিক অসিদা মৈতৈগী অরিবা পুয়াদা ইরম্বা সনামহিগী লাইচং লাইয়াং কয়াবু ময়েক শেংনা ইদুনা থম্বীরম্বা থেংনৈ। শ্রীগৌরচন্দ্র সিংহনা অসিগুম্লবা মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্বা লাইরিক কয়া অমসু মমাংথকতা পুথোকখ্রে। শ্রীসিংহ অসিমক মৈতৈগী লিরবা লোনশিংবু কুপ্না নৈনবা পামজবা মীশক্নি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনসু "অরিবা মণিপুরী সহিত্যগা মরী লৈনবা লম্বিংলোন" গীদমক ফেলোসিপ উপাধি পীখ্রবনি। মণিপুর জাতিশিংগী হৌরকফম অমসুং পারি পুরি কয়াবু থিগৎলকপা তারবদি অরিবা লাইরিকশিংগী অচৌবা থৌদাং য়াম্না লৈ। পরম পারা কয়াদা চৎনরম্লবা ৱারীশিংবুন কয়াবু কুপ্না থিগৎপা মতমদা অরিবা লাইরিকশিং নত্রবদি ঐখোয়না মপুংফানা করিগুম্বা অমত্তা ফংবা ঙমদে। মরম অদুনা লিরবা লাইরিক কয়াবু থিগৎতুনা মণিপুর সহিত্যবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবগীদমক অমসুং মণিপুর লোলবু মপুংফাবা জাতিগী লোল অমা ওইনবগীদমক হোৎনবীরিবা শ্রীময়াংলম্বম গৌরচন্দ্রবু হননা হননা থাগৎচরি। মতুংদসু অসিগুম্লবা জাতিগী ওইরবা লাইরিক কয়াবুসু হেন্না থিগৎপিরগা পুথোকপিরক্নি হায়বসি ঐহাক্কী থাজবনি।

এল, অশোককুমার
আরকাইভস ইউনিট
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি

ইম্ফাল ১৫/১১/৮২ ইং।

# সনামহি লাইহুই

(অরিবা মৈতৈময়েক্কুগী বঙ্গলা ময়েক্কা হন্দোকপা)

হয়ি হয়া হে হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ গুরু শিদবা। তাইবংপানবনা খঙবা ঙমদবা কোরৌ নোংলৈতা মালেম লৈরে-তরিঙৈ অমম অঙাল ওইরিবা লৈচিল খোঙকাওনবা পাইমা মনিংশাবু সনা তাংবলওইনা ফমফম্লবগা তাইবংপানবগী মমা লৈরি নোংলি শুবী লৈমরেল শিদবীবু পাইমান্নুংদা পুশিল্লবগা গুরু শিদবগী হকচাংন্নুংদগী হ, র, স, কৌবা মপারি অহুম্মকপু পুথোক্লবগা। পারি সনা রাপীহন নংদি কো'রৌ নোংহৌও মালেম লৈশেম-ও হায়রবদা। খোইয়ুম অশীবনা ইদোম করম লৈশেম নোংশেমসিবনো ইপল গুরু শিদবা মথৌজালগী লৈশেম নোংশেমঙমদ্রেনে হায়না নীংখনজখিয়ে। মপল গুরু শিদবনা মপা-রিগী প্নংশি মত্তোয়েংনা গুরু হকচাংন্নুংদগী লৈগী মরি নোংগী মরি তৃ-খোং, লৈহৌ-নোংহৌ, ফমবী কাইফম, কোনথা য়াইথা, ঈরাং থৌনি লৈকু লৈরাই, চাকুশং খোইবুং, চেগাই মৈতাল, লৈচেঙ কাম্বোং, মী-পোং, য়াহিপ চাকচা, ময়ুং মফৈ, পরিং লাংশঙ, শা-ঙা, তিন কাঙ, রাহি মন্নু, কৌজেং থারাও, খোংলি লাউরিবা পুম্নমকপু উহল্লবগা হুঁঙকার উঁঙকার পৃম্নমকপু খুংশিন্নরে। চীংঙ্ অশীবনা

তরং ইপাকথক্তা পরিং লাংশঙথা উকাক মাইরোংয়াম্না লৈশেম নোংশেমহৌববু মশানৌ অতোনবনা লৈথিন নোংথিনখায়রে। খোইয়ুম অশীবদি গুরু খুয়াখাদা চংলক্লে। চীংঙু গুরু শিদবা-ও খোইয়ুম করম্বনো লৈথিন নোংথিনখায়ররে লৈহৌ নোংহৌফদরে হায়না রাকংচখিয়ে। গুরু শিদবনা পারি লাংলেহন-ও মালেম অমরক লৈশেমলু-ওহায়না থৌশীখিয়ে। গুরু শিদবগী খুৎনিংহৌদগী নোংথাংলৈমা পুথোক্লে। ইমোম নংদি মচুনিংথৌনা লৈশেমলিঙৈদা লাইজ ঈপাকথক্তা নমু মীপুকশুম্না শান্নরু-ও হায়না থৌশীখিয়ে। খোইয়ুম অশীবদি গুরু ময়াথংগী মালেম লৈমি তম্না কোরৌ অমরক নোংহৌরে। চীংঙু অতোনবনা অমরক লৈথিনখাইগে লাকপবু লাইজ তরংথক্তা নমু মীবুক ছুবী তমফা নোংথাংলৈমবু উরবদা— "কনানো মোমন্নু চেংলৌ শক্লা হেনবী পাইমা খোইজংবী তিল্লাং খোইদাবী-ও!" হায়না পাউহংববু য়োইবু মীবুক শুম্বীনা থেক্লা থেকপা মথক্তা থেক্লারাচ ঈফুনা, নৌগা নৌবা মথক্তা চরৈ মকাদোং মাল্লৌ মীমাঙতাক, মিংমৈ তোরানথা খোইরুম মোমোন নোক্লা চিনগোই ঐবু পাউশানরবা নংঠুম কনানো পলেম পম্লৌ কনানা পোকপনো? য়োইবু ঐদি পম্লৌ পানাইদবী পলেম পীনাইদবী কোল্লোই মিংনাইদবীদি ঐনে হায়না মালেম মানা লোয়না পাউমেল্লম্নবগা ঈশিং তম্নেমুংদা থুপখরে। মচু নিংথৌ অতোনবনা ইশাবী অশীবগী শঙলৌ মথৌরাংনরিঙৈনে হায়না তিল্লাং মখোইশাউনা মালেম অমরক লৈথিনখাইরে। খোইয়ুম অশীবদি লৈরোই নোংলোই ঙমদরবগী গুরু শিদবগী সনা

খুয়াখাদা ৱায়থুংলরে। নমু মীবুক খঙবা লাইশ্নিংথৌনা মালেম লৈথিনখাইবদি ইপারি অতোনবানারিঙৈনে হায়না শানখঙলবগী গুরু শিদবনা পারি অশীবা-ও নপল ঐগী য়াথংনে অমরক লৈশেম লৈরোইরু-ও থৌশীখিয়ে। গুরু হকচাংমুংগী শম্নাং তুবুম অমনা তম্ফা অৱাংবী লৈঘরেন শিদবী মচু মমেন্না কোরি পিথ্রাই কোনঙৌ মিশি শেলগোই য়াইগোই সনা লুপা পুহাল তমফা হীওই য়াইওই মুন্না চাবা হিংনা চাবা অথুম অহাও শিদা নাদা অচং অৱেপ পুম্নমকপু তম্নিবী অমবু শানশেম্লে। ইমোম নংদি নহু নিংথৌ অশীবনা মালেম লৈশেম্নবু থৌরৈ তেংবাংলু-ও হায়না থৌশীখিয়ে। তম্ফা অৱাংবীনা ঈশিং তম্নেম্নুংগী মৈৱেং খানিক্না খাওরৌ খাঙশেংননা ফাওৱক্লে। মহু নিংথৌ অতোনবনা অমরক লৈথিনখাইগে লাকপদা তম্ফা মাইয়োক্লরে। নমু মীবুক হুবী নংবু কনানো পাওহংববু তম্ফা মৈবী হান্দোংবী মৈরি তোমশাং-নবীনা খোইরুম মোমোন নোক্না পাউখুম্নকয়ে। “হা নাহাবা নুরা ঐদি ঙাইখোং লুক্কুম ইপা হাঙলিবীনে, পাচা নানমদা সেনকু থৌদিংদা, পুন্নুং হৱাই মপাল শাদরি, মহৈ অঙ্গ পান্দরিয়ে” হায়না চিনগোই পাউরম্নরিঙৈ খোইমুম অশীবদি চীংঙু মরনকুগী শীঙকোপ লৈখৈতু য়েংদৌ উরোংমুংনা পুন্নুং হৱাই খাঙপাক থারে মহৈ অঙ্গ পাল্লে। লাইপাখংতরেং লাইনুরা নিপানমকপু তাথোক্লে নোইনা ঙমদমহল্লে। তু খোং, পুঙ থেল, চীংমান, লৈপাক নোংথৌ, মুমিং থা, থৱান্মিচাক খোংচোমনুবী, শজিক থবা, ওকপুরোই তাউহুইৱেং, পুম্নমকপু শেম্বা লোইরে লৈরোই

নোংলোইশৈবু শৈশক্লে চৌংঙু অশীবদি পূক্লিং হরাউ থোইনা গুরু খুয়াখাবু ইন্দাল্লক্লে। গুরু শিদবনা "পারি অশীবা-ও তাইবং খুল্লিং-ও" হায়খিয়ে। খোইয়ুম অশীবগী পাইমানুংদগী মালেম লৈত্তিনথোকপু চিংথোক্লকপবু গুরু শিদবনা "পারি অশেম্বা-ও লৈত্তিন অপিশক্লা করম খুল্লিংগবনো" হায়খিয়ে। খোইয়ুম অহনবনা হংঙোই লোইদামচাবু শেমখিয়ে। গুরু শিদবনা ইঙা কুমখায়না ইঙেন কুমদমনৌ-ও" হায়খিয়ে। চৌংঙু অশেম্বদি উনবী পূক্লীং ঙক্লবদা খোইয়ুম শিদবনা হকচাং পূক্লীং পিরবদা খোইয়ুম অশীবনা গুরুগী মমিয়েংনা শানশেম্লবদা গুরু শিদবগী পূক্লিং হরাওথোইরে। অসাইঙৈগী লাইজ ঈপাকথক্তা নমু মীবুক শুম্বীগুঙ ঈশিং তম্লেম্নুংদা কোংবোন ঈরিক তাক্লম থুপখিরে। "ইমোম নংদি লৈরি মোংলি শুবী ঙারৈ থুম্লেমা, লোইমোম ফৌওইবী, তরেং লনয়েনবী লৈমরেল শিদবী কৌনা লৈফু খুংগুম্বদা তিনখোং লাইস্রাবী য়াহিপ্না থাঙঙা য়ুম্নুম হাঙদনা লৈরু-ও" হায়না পাউতাক্লবদা লৈমরেন শিদবীদি গুরু খুয়াখাগী মাল্লং ফেনজি ওইখিরে। গুরু শিদবনা "পারি অহুম্মক-ও কোরৌ নোংখোঙ কোইনৌ-ও হান্না থুংলবা অমদা সনা ফম্বান পীগে" হায়খিয়ে। খোইয়ুম অশীবদি কৈরেন খোঙওইননা কোরৌ নোং-খোঙ কোইখিরে। মশানৌ অতোনবদি গুরু শিদববু হেনবা অমা লৈতে হায়না গুরু ফানখোঙ তরেংলক কোইরবদা মশারি অতোন-বদা নোংখৌ শাইরোঙ মরুগুম তাশিনখিরে। খোইয়ুম অশীবস্নু থুংলরে। গুরু শকখঙ ঙমদনা নীংদে মাঙদে লৈরিদৈঙ চীংখোঙ

য়াইমবস্থু য়াইথুংলরে। হে ইশাবী অমম লৈশাহানবা-ও গুরু শিদবদি শালওলয়াম্বা লাইনে হায়না শায়েঙ পানগা পায়না খুরুম্মরে। মপল শিদবনা খাম্বী মৈরিক চোংগুম চোংথোক্লে। "হে ইপারি মালেম লৈশেম্বা-ও নংবু চীংঙু করম্ববু লৈরিবনো? নশানৌ অতোনবনা নপল ইতিক খঙলম্লবগী পাখঙবা কৌরে সনা কম্বাল কম্লস্থুনো। পারি নংস্থু তাইবংপানবা পুম্নমক্না থৌনি খাজংনম্লনো ইপারি য়াইমবদি অতিয়া কৌনা চীংঙু ঐগা তেথোক তেশিন্নবঙেনে। ইমোম নোথাংলৈমা নংদি পারি ওইরম থানা শেল্লরো" হায়রম্লগা মৈ, ঈশিং নোংশিং অহুম্মক্না য়োইনা থৌখলফমদা তেশিনখিয়ে।

শালওনয়াম্বা খোইয়ুম অশীবদি মৈতেংঙু শেলবী খাগেম্বগী মশানৌ কোরৌ নোংথিনচাইবীগী য়োইবু চরৈ কিশেংনোংদা লোইদাম হিয়াঙ্গৈথা নিনমাঙ তরানি পানবা থাংজ নুমিৎকি ইনুং শোইয়াইমদা মশাবী তাইবং শোরারেনগ মোল্লাংতপ্লাইথক্তা য়াতানোংদা অরাং ফাল্লৌ লাইমাখোম্লনা হৈরাং মচায়ান তাউজিং মরু পাল্লরে। লাইরেল মৈতেংঙু নিংথৌরেল শেনবী খাগেম্বদি পুক্লিং হরাওথোইরে মশানৌ নোংবাল্লোন অঙৌবা চনুদি মালেম চীংলৈপাকপু তরা চাওই য়াম্না অরা হকচোক লাংলবগী মৈতেংঙু খাগী লাম্বাবনা— "লাইরেল ইপা মৈতেংঙুগী মমাইবা অকেঙ থিয়াথৌনংগা থেঙ্গা ইমাইবা নপিঙঙাবু লাও-ও। লাইরেল ইপারিবু শাংকবরা, ইমোম রাংঙম্লোনবু ফুইগবরা, খোম্লেন মঙজংলো-ও"

হায়খিয়ে। নিংথৌ মাইবা অনিময়ক্লা মঙপোৎচাদাং পুন! রাঙ্গোল তম্পাক লৈনামুংদা খোয়েন মঙজংখিববু ইনুং ঙাল্লকবদা লাইরেল সনা মখোঙখাদা অকেঙ থিয়াথোনা হান্না মঙবাও তমখিয়ে। "লাইরেল মৈতেংঙু তাইবং শোরারেল-ও! নদাইরেম ঐগী খোয়েন মঙলাংচান্দি লিক্লাই নপারিবু শাংকবরা, নমোম রাংঙম-লোনবু ফুইগবরা, পৃথ্রি সাগর ময়াইদা শীংলেন থম্বাল লৈঙাংলৈ অমা শাংয়ে, শীংনাং কৌরোংশুনা লাম্নবু লাম্ফংলক্কে চীংঙু, মতেহৈ করম্নো, হায়রিঙৈদা থেঙ্গু মঙচুম্না— "লাইরেল ইনোংথৌ-ও খোয়েন ঐগী মঙলংচালম্ম কোরৌ চুম্মিথাং খান-গুম্নবু উরকয়ে খোইয়ুম করম্নো শালখঙঙমদে" হায়খিয়ে। মৈতেংঙু শেনবী খাগেম্নদি লৌশিংপ ক্লীং ঙক্রে য়োইবু মশানৌম্ম নুংলাঙ খোইবু ওল্লে হায়না নোংলেনখিয়ে। খোইয়ুম নামুংবদি মনোং নোংশীংশুতুনা থাবুম তরেৎ শুরকপা লোইদাম কালেন্থাগী য়াওরা থানিলনোং থাংজা নুমিৎ য়ুংখাকপদ শিনৌ লুরাইখাই খমগোল নোংলৈওইনা খোইয়ুম লাইওইখিয়ে। চীংঙু অরাংফাল্লৌখোম্নদি লোইদাম কুমওল্লবদা থংদ নোংবাল্লোন অঙৌবা চপ্পুগী ইন্নুং শিলয়োম নুংদা হৈরাং মচায়ান তাওজিং মক্ক পল্লরে। মৈতেংঙু শেলবী খাগেম্নদি প ক্লীং হরাওথোইনা হৈরাং পুঙবুলেম থেনমাই-লাংনা খোইয়ুম লাইথোঙশিল্লে খোইয়ুম নামুংবদি নুমিৎ শীংশু-রবনী লোইদাম ইঙা থাগী ইরাই নুমিৎ অফবদা খাম্বী মৈবুন থানগুম মদোম তাইবং ফাওরক্কে হায়দবরা। নোংপোকথাগী লাম্থদি প ক্লিং হরাওথোইনা অমাই মনাওয়োক্লা তাইরেল

লোংলা লৌনা মারান য়ুমশেংখৌবু লোইরে। নিংথৌরেল শেলবী থাগেম্বনা খোইয়ুম লাংনাচংনা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত পুম্নমক্তা দান দখিনা তৌরে। সনা রাশীংদোম্না হুক্রুগুম মপোপ চাওরক্লে লাংহৈ কুমশীং মন্ডা শুরবদা খোঙজি শরিকখিং খুজি পাম্নে-ললহেন নাইন মণ্ডালনাই চরৈ নীংথিশেং কাংজৈ হুমদাংপায়না লাইরেল মাণ্ডাথাবা তোকইনরে হায়দবরা। মৈতেংঙু শেলবী থাগেম্বনা কংলা ফমদোংলোংদা লিক্লাই মপারি সনা রাশীহনবু খোইয়ুম লাংকুম পুম্নমাকা য়াথৌরবগী খোইয়ুম শালঙনহকপদি চরৈ মফিশেংনাচিংনা নীংথ লৈতেংপোং পুম্নমকপু থোনবী অপোঙ ইংখোল্লেনগী পামেল উশাখক্তা য়াম্লবগী খোইয়ুম লাংঙইখিয়ে হায়দবরা। য়োইহৈ পাংডলবনচনুনা লাইজ ইপাল লাংবদা উরবগী থোইবু লৈমাবীদা পাউরাল্লবগা লাইরেল ম্নাখাদা হাকংচখিয়ে। লিক্লাই নিংথৌরেল-ভ সনা ইবুংঙোগী নিংশেং লৈতেং পুম্নমকনু পামেল উথাংখক্তো ইক্লইয়ে। হায়না হাকংজবদা মপেম লৈলিংখৌদ নিংথৌ ফম্বাল্লাংদগী থেম্বৌ রুক্বাজুম লৈমা নশাখৌনাচংনা কোম্নুংখনবী পুম্নাক্তপা অপোঙ ইংখোল্লেনগী পামেল উক্তোনথক্তগী চরৈ অতিংঙোবু লৈমা থাগেম্নমা লৈপাক পুম্নমকপু মাকোম লৈদা ওম্না মীকপনরে হায়দবরা। নিংথৌ ঈখারাণী অনিংক্রুংচংনা য়োইবু য়োইহৈ পুম্নক কোম্নুং অচনবদা হাচক্তনক্লে। খোইয়ুম নামুংবদি লোংয়াই লৈশাংখোংদা মদাইরেম থোম্ফা হন্নবদা পাউমেল্লুইয়ে। "লাইরেল ইপা মৈকেংঙুদা হায়রুভ। চৌংঙু শালঙনহকপা

লাইনে খোইয়ুমলক্তা তিল্লে" হায়না থৌশীখিয়ে খোম্মা হনুবনা লাইরেল সনাখাদা পাউদমখিয়ে। তাইবং শোরারেন-ও ইবুংঙো সনাহন্না চেংলৌ শকউহন্দনা পাউমেল্লয়ে! "নবুংঙো ঐদি কন্না খঙহন্দনা খোইয়ুম লাইরক তিল্লে অসি কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুবদা হৈরাং পুঙবুরেম থেনমাইলাংনা নপারি ঐগী ফিশেং লৈতেং পুন্নাথা কাংজৈ হুমদাংয়াওনা শানশেম্বী-ও! পম্মো পলেম অনিমক্তা মিংশেল পিবুক্রুংদা উনাসে" হায়রময়ে অন্নুম পাউদমজখিয়ে। নিংথোরেল শেলবী খাগেম্বনা লৈমা মশানৌগা কোরৌ নুমিৎ মঙানিশুবদা শংলৌ থৌরাংলোইনা ঙাইখন্নিবৈঙদা চীংঙু সনামহি য়োইরেনবদি ফিগে লমশঙঙাল থুঞ্জি পান্নেনহেন খোঙজি শরিকখিং কুন্দোর চীংলাইশাবনা চুপ্পেল নাপাঙাল কাংজৈ হুমদংপায়না লাইরেল কৈরা মাতান-পাক্তা কম্না হৈরাংচাবা তাউজিংতংববু পম্মো পলেম অনিমক্তাচিংনা য়োইবু য়োইহৈ পুন্নমকম্ভু মিংশেল পিবুক্রুংদা উহল্লবগী অঙাং-মতৌয়েংনা লাইজ ঈরাউখোনগুম মীকপ্নরিবৈঙদা খোইয়ুম নামুংবদি কোরৌ তাশিল ওইখিয়ে হায়দবরা। হৌরেল ইন্নুং শোইঁরাইমদা য়ুমজাও কারেলয়াইদা শরিক খোঙেল রাংনা চেনশিল্লক্লে। "লাইরেল ইপা মৈতেংঙু পলেম নোংথিনচাইবী নপারি ঐদি খোইয়ুম নামুংবনে তাইবং মীওইকদে লাইরেল নংগী রাইরা শাথোঙ অরুম্বা হুয়েল লাম্মোঙ অচৌবদা চেংলৌ শকউদনা থৌরৈ তেংবাংলগে" হায়রম্লবগা মদোম শাম্বুপখিয়ে হায়দবরা। লাইরেল শেলবী লাম্বাবদি য়োইবু মশানৌগা

উনবী পুক্নীংঙক্না লৈহৌরে হায়দবরা। খোইযুম নামুংবনা লাইরেল মপা মৈতেংঙুগী সনা মহাকথক্তা পোইরৈ চিদাই নাইদনা সুংঙাই থুয়াথুংনা পাল্লমবগা সুংনাং কাউথঙকোন্দা কোরৌ নোঙ্গাখিয়ে হায়দবরা। মৈতেংঙু পোইরৈ খুঙাওবা শেলবী পাইখোম্বা অনিমক্তা মতুংদা তুবি চরাইরোংবা সনা মহাকথক্তা হিন্দু লমচৎ হাপ ক্ষেত্রি বংশ লেপকে হায়না নীংলম্ববু খোইযুম নোংদম মতুংইন্না কোরৌ নোঙ্গাখিয়ে হায়দবরা। বিষ্ণু থায়াঙ মতানবোমদা তিনখরে। ★ ★।

লিক্লাই মপারি থোংনাং ময়াম্বা নিংথৌ মহাকথক্তা বামোন গঙ্গাধর কৌবদা শাক্ত ধর্ম্ম লৌনা পোইরৈ লৈপাক ঙাক্লে। অমরক শ্রীগোপালদাস বৈরাগ্য অথোইবদগী গৌরিয়া ধর্ম্মলৌনা পোইরৈ লৈপাক ঙাক্লবদা মথু খোইযুম লাইয়িংথৌনা ইনোংয়াই অসিদি লাইনীং মহৈ পাল্লরোই হায়বগী শ্রীহট মপুঙয়াইদগী শান্তিদাস বৈরাগ্যা অথোইববু কৌথোক্লুইয়ে। ভগবান্দাস নরয়নদাস অনিমক্তা ঙাইরোইননা পোইরৈ পুঙদা রায়পুংলরে। মৈতেংঙু খোংনাং ময়াম্বনা গুরু মন্তিক খঙনা থৌখঙরে। শান্তিদাস লাইবু নীংবনা পোইরৈ মন্তিক হংববু লাইরেল মৈতেংঙুনা শামু মখুৎলোয়না পাউথুমজখিয়ে। "গুরু অথোইবা-ও নুমিৎ মহুমসুংগী নোংমুম য়াইরংচানশুম খুনশুম-লকয়ে মক্রবাহা নিংথৌরেন্না পন্থৌ লাইকনবাগী গুরুং পাঙান কাওনা মনি য়াইরংচানবু লৌকইয়ে" অদুম পাউজাক্লবদা বৈরাগ্যা লাইবু নীংবনা "লৈবাক অরাইবা কোন্নুং অচম্বা নত্তে

মণিপুর লৈময়োন হায়না মিংথোনশে। লাইরেল নংগী হাওরে থানা পাংবদা য়োংমু লাল্লুপ কানদি ঊমং অচম্বা নত্তে, কাম্মথ্যা থৌহু মুঙুখেনলৈমা লোইদাম থাবুম খুদিংগী রিতু পান্দা ফাওবদি লৈপাক নমান্নবদা তাকথোক্তে” হায়না শ্রামান্দি মন্ত্র অরুববু পীরম্লবগা শিলোট মপুঙযাইদা হনরাইখরে হায়দবরা। লাইরেল মৈতেংঙুনা গুরু সনা ময়াথংগী ঊমংলাই মাপন-মক্লাচিংনা শম্বোঙ সনামহি খোইয়ুম লাইকুপ পুম্নমকপু চীংঙু রাম মহকশাংদা তিনশিল্লবদা খোইয়ুম কংলৈ অশীবদি শিলোট মপুঙয়াইবু ইন্দানখিযে। কোরৌ নোংলোনথক্তা হে শান্তিদাস মহন্ত অথোইবা-ও মণিপুর ইরৈপাকপু ইন্দাল্লসে লমচং থাঙৈথ-শেংনা কর্ত্তা মথং শিল্লুশে হায়না পাউমেলববু গুরু অথোইবনা “হে খোইয়ুম ঊদবা-ও শান্তিদাস ঐদি হনুকুরুংচল্লে লোইবী চীংথাঙলান্না পোইরৈ মৈতৈয়োবা ঙম্লোইয়ে” হায়না রাকংলবদা খোইয়ুম নামুংবনা তিল্লাং মখোই শাওনা কোরৌ চীংহৈকাপ রাংবল লেন হৈথা থৌহু মুঙুহুম হন মারান নৈগা থানা পম্নেংলবগী অকি পাুক্লিং চংলবগী পোইরৈ সনাপুঙবু ইন্দাল্লক্লে। লাইরেল মৈতেংঙুনা ভক্তি লৈদাপক্লা লমওকঙাময়ে হায়দবরা। মহন্ত লাইবু নীংবনা পোইরৈ সনাপুঙবু শাগৈ শল্লাই থাই কর্ত্তা মথংশিন্না য়েনবীরে হায়দবরা। লাইরেল মৈতেংঙুনা রমান্দি মন্ত্র অরুববু পোইরৈ শিনবাথুংনা তাম্হোঙ মমুংকুই লেমথোঙ মফৈ পাক্লা পাল্লে হায়দবরা। শেলবী পোংনিংথৌ মযুমকম অপোং ইংচথাল্লেনগী খোইয়ুম মূর্ত্তি অরুববু য়ৈথাইরবগী

চীংঙু কাম্লৌখোম্বা খোইয়ুম লৈশেম্বনা কোরৌ নোংথনখমদা মার্গ তৈনা কোন শব্দ খোঞ্জেলরাংনা লাউথরকয়ে। "চীংঙু ঐবু ভাংশক্তে খোইয়ুম ঐবু মীথাদে লৈরক শাখৌগে খোংবাল লাংম্বানগে খোয়বা লিৱৌগে" হায়না লাউথরকয়ে। কোরৌ ঙুঙিং মঙাণিশুবদা লিক্লাই মপাম্রি শিব স্বাহা লাইঙম্বদা কাওক্লয়ে মপারি স্বাহা লাইঙম্বদি অনা লাইওংথংঙুমদে য়াঙলেন লাইকায়মদা কক্লোং চরাই কোনশুম কোনখংলে। মোইরাং ললহাম্ববু লাইওং থুংতম য়েংহল্লে। মোইরাং ললহাম্বনা লাইরেল মৈতেংঙু-ও নম্ কাম্লৌখোম্বগী খোইয়ুম থুংতম অরেপ্পনে হায়না য়াকংচখবু লাইরেল উনবী মঙ্গুংহৌনা তরা চামাং চাবা নংদি কোম্লোই য়াথংচুমদে লাইরেল ঐগী সনা কোম্বুং চংকম্লোই হায়খিয়ে। পলেম মমা শেলবী পাইখু লাকুবদি মপারিগী মুংশি মতৌ য়েংনা মীকপ্পম্বদগী অনা লাইপোং-ঙুম্বা লাইজ ইনোং কাওয়ে। "কে লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ-ও লিক্লাই নপারিম্ব য়োইবু নশানৌ ঐম্বু অনা লাইওংথঙদনা চাকমোম য়ামৈচাক্কুম চাকচিল্লক্লে হায়রবদা লাইরেল মৈতেংঙুনা লৈপাক মাইবা মনাওয়োকপু য়েংহনবু অনা লাইওং থঙদরবগী লাইরেল মৈতেংঙুনা য়োইরাং ললহাম্ববু পাউকৌখংলে। মোইরাং ললহাম্বনা খোইজি মিহুন য়েংববু নম্বু কাম্লৌখোম্বা চীংঙু ভাইখংথায়বগী থুংতম অতাঙখনে হায়না য়াকংচখিয়ে। লাইরেল সনা মখোঙথাদদি লোক্লাং তিল্লাংলাই অয়াংবনি কদৌরোই হায়রমদে অঙুম পাউমেল্লবদা য়োইবু মথুংদোম্বা

লাইনি পোইরৈ লাইয়াম মাঙহনবদা য়াওররিঙৈদে য়োইবু নশানৌ লিক্লাই নপারি অনিমক্কী অনা লাইপোৎ ফান্নিবা অচুবু চীংঙ্ মাগী য়ারকপুনরিঙৈনে হায়না পাউমেল্লবদা লাইরেল মৈতেং-ঙ্না তযুম মোইরাং ললহান্ন গুরু ময়াথংগা মান্নরে য়ান্নম শেংনা হায়রো হায়রবদা মোইরাং ললহান্নবা "কোরৌ ইনোংথৌ-ও য়োইবু নশানৌ লিক্লাই নপারি অনিমদো নয়ু ফাকঙ য়োইরেন-বগী লাইয়ারক অরেপ্পনে" হায়না রাকৎচখিয়ে। লাইরেল মৈতেং-ঙ্না চীংঙ্ ইপা লাই-ও য়োইবু ইশানৌগা লিক্লাই ইপারিগা অনিমাবু য়াঙনা হন্দোকহল্লো খোইযুম নাত্তকখঙগে হায়খিরে। মোইরাং ললহান্নবা লাইরেল ইনোংথৌ ও নদাইরেম ঐনা কংলা চেনকারকপদা য়াংলৌ জম্মখাঙ কোরৌ নোংলোনথক্তা নয়ু লাইয়িংথোনা "মুঙি হককশাংদা নুংথংথক্কা থোনবদি কাদোফাংম্মু নত্তে চেংচা চিন্নাইদবনু নোংয়াই নৈশাংখোংদা থৌহু লোইগাথাবদি শৌমল্লে" হায়না লাউথরকয়ে হায়না রাকংলবদা। লাইরেল মৈতেংঙ্না নোংয়াই নৈশাংখোংদগী থৌহু নুংজানববু য়াঙনা শৌখংহল্লরবদা য়োইবু মশানৌগা মপারি নুংজানবা অনিমম্মু অনা লাইকোক্লে লাইরেল মৈতেংঙ্না খোইয়ুম লাইরি থংলে। অনা তাংঙপোৎ ফিরোই ফিঙাম ঙাপোৎ থুমপোৎ তযুম ফুঙ্গা মঙা কাওরেল শলবুম মঙা পুঙবুরেম্মা মোইরাং ললহান্না মরালয়াইদা থিন্নহল্লে লোইদাম থা অমা ওল্লে চীংঙ্ নামুংবনা ইশুং শোইয়াইমদা তযুম ললহান্না ও থোংনাং ময়ান্ননা চীংঙ্ ঐবু তাংশক্তে শেনবী

মীরৈপুণ্ডদা লাংহৈ কুমশীং অহুম্মু লৈকুগে হায়রময়ে। ইমুং ঙালে হায়রগা তরা চৌত্রিপুণ্ডদা মনাই ললহাম্বগা চীংঙু মাইয়োক্লুয়ে। কোরৌ নুমিৎ অমদম্মু কাইরৈ য়েনকাউপুণ্ডদা লমওক্লুরে। কোরৌ নুমিৎ অমম্মু মৈতেংঙু কাংজৈপুণ্ডদা ওক্লুয়ে। কোরৌ নুমিৎ অমদম্ম মৈতেংঙু খাগেম্বা কৈথেল্লেন্দা কেগে ললহাম্বগা ওক্লুহিকয়ে। কোরৌ নুমিৎ অমদি অরাই শঙখু-চম্মু ললউলকাংবু হাকোকক্মদা ওক্লুক্লইয়ে। খোইমুম নামুংবনা তায়ুম নুংজানবা-ও চীংঙু ঐদি শেনবী মপুণ্ডয়াইদা ইন্দান-খিরগে তায়ুম নংদি নুমিৎ শীংবুম্বনা কুমশীং অহুম শুবদা ঙাইখমণ্ডাম-ও হায়রম্লবগা খোইয়ুম নামুংবদি মাল্লং ফেনজি ওইখিয়ে। থৌরম অসিগী মতুংদা পুরোহিত মনাউয়োক চক্রেকান্দি কৌবনা জৈগ্যা মণ্ডমহৌনা লাইরেল মৈতেংঙুদি মদাইরেম পুম্নমক্কা জৈগ্যা নোঙুন থাংলে।

থৌরম অসি মতুংদা লাংহৈ কুমশীং অহুম শুরবগী চীংঙু নামুংবদি পোইরৈ স্নাপুণ্ডদা রায়থুংলরে। মোইরাং ললহাম্বদি পুক্লিং রাকাউরবগী চীংঙু লমৎকণ্ডামদরে খোইয়ুম নামুংবনা ভিল্লাং মখোইশাউনা মোইরাং ললহাম্বনা খোম্লেন তুমগনলিজৈদা চীংঙু মিরাং মথুংস্নুনা হকশাং ফিবুন তাণ্ডম পুনশিল্লম্ববু মোমু তালোই মরুম্বীশিংনা মিংয়েং শানখৈরবগী পুক্লিং অণ্ডকচংনা মীকপথিয়ে। চীংঙু কনানা খোইবা লীরৌরবনো হায়না য়েংলুববু চীংঙু মিরাংমথুংস্নুনা হকশাং পুম্না য়েংলম্লবগী কোল্লোই শঙ্গাইথম্না মীকপ্লববু খোইয়ুম নামুংবনা চেংলৌ মিংকুপমরমদা

চীংঙু মিরাং মখুংশুবু লৌখোকপিরে। মোইরাং ললহাম্বনা উনবী লৈনীংনা লাইরেল সনাখাদা চেন্কারক্লে লাইরেল ইনোংথৌ-ও ঙসিইন্নুংমদা নয়ু লাইয়িংথৌবু শেনবী মতমপাক্তগী রাইথুংলরে হায়না রাকৎচখিয়ে। লাইরেল মৈতেংঙুনা ভয়ুম ললহাম্বা-ও চীংঙু ফাল্লৌখোম্বনা করম থৌজানবীবনো হায়না য়োইচান্নঙাময়ে। লোইয়ম ললহাম্বদি মরানয়াইদা কনরাইরক্লে। খোইয়ুম নামুংবদি শোরালাইকম মশকওইনা খুল্লক য়ুম্বুমচং লাইরেল য়াহিপ চাকচা ঙমদনা চাইখাইরে। পোইরৈ কুম্বুম হাঙদনা খাম্বী মৈগা থারে। লাইরেল মৈতেংঙুনা পাইরৌরেম অকোংঙ হাওবমচা-ও পোইরৈ পূম্না মাঙলে রাংঙম পুম্নতিন্না রাশক্লুশে হায়খিযে। পোইরৈ পূম্না তিল্লে লাইরেল মৈতেংঙুনা খুবাক লোংনায়া চক্রকন্দি কৌবনা বেদ মন্ত্রশোল আহুতি ঘী কৈরিবৈঙদা* লাইরেল মৈতেংঙুদি য়াওরা খোঙ্জেল রাংনা "ঐনে ঐনে নোংথিনচাইবী মপারি শ্রীপিতম্বর সিংহ তুবি চরাইরোংবা মপারি হীরাচিংবা থাংগুম্বদি ঐনে খোইয়ুম অয়াম্বদি নীংলরোই চীংঙু রাম নামুংববু মিৎয়েংশুভন হোংদনা নীংজরগে" হায়না রাশকখিয়ে। ময়ু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ য়াইবী হুমজাওবদি কঙ্গাও মৈর'হৌনা লোইজিং নোংহৌদা চীংয়া নোংমংদনা কোরৌখাক্তুম খাক রাম্বন লাউচুম লাউনা সনা সেকপিন লমঙালববু কাপখেক্লে। মৈরি শাহুমখোন্না পোইরৈ পূম্নামাগী চরৈমফি চাক্লে লাইরেল মৈতেংঙুদি পূক্লিং অঙকচংনা কোল্লোই শঙ্গাইন্নুংদা য়াচংখিয়ে। লৈপাক পূম্নমাম্তু মারান লোনয়ুময়াইদা

হুনবাইখিয়ে। পোইরৈ অনি চিনওক্লা অহুম চিন্দিয়না খোইমুম নামুংববু লেপ্পা ওইরে ওাঙুক্লখিয়ে। লাইরেল মৈতেংঙুনা শংলৌ য়েনমাংদা তত্রা চম্মাংদা চরৈ কিশেংশেংনা নুমিৎ শীংবুম তরেংনি নোংতাম্নবু চীংঙু মতিক পিদরবগী চীংঙু অতৈবা লমলোঙ চবান চাবা অসিবু চীংঙু লাইমক্লনি তায়বদি শীংলেন অরেম্বনে হায়ববু খোইমুম নামুংবনা নাত্তারবগী চীংঙু মতিক উৎলগে হায়না কোরৌ নোংশগোনবু লাংগোই খোঙওইনা ফিগে লমশংশেং রাকোংজুমিংথৌনা চুড়াইলেথেংচেন কুণ্ডবচীংলাই শাবনা চুম্নেন নাম্পাঙোল সনালিকফাংশি খুংশি পালেংহেন্না খোঙলেন্না পোৎ-তাং কোন্নোই শম্পাইঙান্না লাংজোই শ থৌজিন-খিয়ে। নিংথৌ মদাইরেম অহিং শান্ত্রি থৌনশিংসু অকি পুক্রিংচংনা চেন্নখিয়ে। লাইরেল মৈতেংঙুনা খোম্লেন মঙফোংনা সনা কাংথোনথক্তগী কাচেং নোংথাংয়েন্নববু শমু খুত্তা পায়না থাম্বী মৈনোংখোংগুম য়াওরা খোজেরাংনা চোংথরকপবু খোইমুম মুর্ত্তি শংশঙববু ওইরম্লবগী লাইরেল পুক্রিং হরাউথোক্না হে খোইমুম উদবা চীংঙু নতিক অক্লববু লেপ্পা খঙলে। খোইমুম মুর্ত্তি নহাকশাংবু কোনচাক লাইফম ওন্না লনশিংজগে মালেম লৈসনা অঙাংবনা জৈগ্যা নোঙুন কৎচগে রমাক্সি ইরমচৎপু য়াবী-ও। কোরৌ নোংজা খুদিংগী পুজা পোৎলোইয়াও শুক্লেল মথেন শেম্না কৎচগে হায়না রাকৎচরবদা খোইমুম নামুংবনা “ইনোংয়াই থোংনাং ময়াম্না-ও শান্তদাস অসিবু নয়ু ঐনা শিলোট মপুঙয়াইদগী কৌক্লবনে লাইনীং নংশৌশাবু তোক্লুনো

নবেল খোইমোম লাইরেম্মনস্থ হোইয়াডৈনে নয়ু ঐগী ইরি লিঙিন্নবদি নোংপোক মাদেবনে" অস্থুম পাউস্তাক্লবদা লাইরেল মৈতেংঙুনা "খোইয়ুম নামুংবা-ও চীংঙু মুর্ত্তি নহকশাংবু করম শানশেমসিবনো" হায়রবদা চীংঙু অশীবনা "লাইরেল ইনোংয়াই-ও নিংথৌ নংগী মুর্ত্তি নহকশাংবু শোয়হন্দনা শালশেম-ও। নবেল খোইমোম লাইরেম্মস্থ নশানৌ শ্রীকমলপতি মহারানীগী চেংলৌ শকথোংমান্না শালশেম-ও" হায়রম্লবগা খোইয়ুম নামুংবদি মাল্লংকেনজি ওইখিয়ে। লাইরেল মৈতেংঙুনা পোইরৈ মীপুমহাঙদনা তরেংশেলবু থায় স্না পুঙবুরেম লুপা থেনমাইলাংনা ময়ু থংবী লাম্থাবা স্নাঈদগী শিন্নরকপা নোংয়াই চারাকপমচা ঙাথি অহৈবা কেক্রু শিনহৈবা অনিমা নপিঙঙনা লাইরেল ঐগী মুর্ত্তি ইশকতম য়োইবু ইশানৌগী হকশাং মওংয়েংনা শালশেম-ও হায়রিডৈদা লাহান্নোং নুংথং লুরোইথানা য়ৈথেকডৈদা খোইয়ুম সনা মতালবোম য়েংলমগী য়োইহৈ কোঞ্জেংবীনা লাংজল পুরিতুনা লিরোৌববু পুশিল্লক্লে। লাইরেল ইনোংথৌ-ও খোইয়ুম সনা মতালবোমসিবু নুংশি থাদাকোম্না লোৎচরোয়ে হায়না কৎলবদা নিংথৌ সনা খুংনা ওক্না ইবেল য়োইহৈ ঙাখেম্বী নংদি পায়মা করম লৌশিংথোইবনো হায়না য়োইচানবীয়ে। লাইরেল মৈতেংঙুনা তয়ুম অনিমা-ও খোইয়ুম মতালবোমসিনা সনা কোল্লুওইনা শালশেম-ও হায়খিয়ে। মদাইরেম অনিমমা নিংথৌ মহারানী অনিমগী মুর্ত্তি মওংলাক্না খোইক মিতম য়াংলে। তরেং-কোনফুঙংনা লোইদাম থরান থাগী নিনমাং তরেংনি পানবা

থাংজা শুমিং অকনবদা খেল্লেন মতময়েংনা তাউখিল্লে। লাইরেল মৈতেংঙুনা গুরু অথোইবা-ও ইয়ু লাইয়িংথৌবু জিবন্যাস তেজ হাপ্পা মৈজিগ্যা মঙমথৌবু তৌনীরো হায়জরবদা শাস্ত্রদাস লাংওইবনা খোইয়ুম মতৈ মনাউবু জিবন্যাস হকশাং শেংনা রামানন্দ তারক মন্ত্রপি চোইনৌ সনা নোঙ্গুন হাপ্পা খোইয়ুম অনিংমদি চরৈ নীংথিশেং থুংচি পাম্নেনহেন তালচপ মঙালনাই কুণ্ডর চাংলাইশাবনা চুপ্লেল নাম্লা ঙাম্না থাহোং তুনিংথৌনা চুড়া লৈথেংতৈনা হেনমোইরবগা পোইরৈ পুম্নাঙ্গপ্না খোইয়ুম মতৈ মনাউবু দোল্লাই লেংজাউগনা শেম্লোই মপামচীংদা কোরৌ শুমিং মঙানিবু তাল্লোই তুইন তময়াল্লবগা লাইরেল মৈতেংঙুনা লুহোং পোংলোই মশীংশুনা লোইদাম ইঙ্গা থাগী নিনমাং মঙ্গানি পানবগী যুমশকৈশা শুমিংকী খেল্লেন মহুম অঙবদা লুহোং খোঙদোংতম্না লংমাই মপামচীংদগী পোইরৈ পুম্নমাদি হয়াউ মথোই তোং চরৈ মকাক্ষোং মাল্লৌ মীমাঙ্গতাক মোইবুং থিনকাম্না বাংলেন পুংখংতৈ তরেং শেলফাংয়ৈ পেনা খুংখংতৈ পাশি লমহইনখোং জগোই খুংথেকলৌ ঈশৈ তেরালশক খুবাক তাংবুংখু নোইনা ঙমদমলৌ খোইয়ুম অনিমবু দোল্লাই থক্তা থাঙ্গংলে লেংজাও মঙাল নাইনা বাল্লা খোঙশাল্লক্লে। পোইরৈ ময়াঙলৌ বাংঙম মথিনাই চরৈ মকাকোং হয়াও-পুকমাম্লনা থাংলৌ লমদাংশিংলক্লে সনা য়োইকোলুং খোইয়ুম য়াগী য়োইকংলাদা চাংঙু মঙাল নাইনা রাইথুংলে। খোইয়ুম মতৈ মনাউবু আসোন মফমলেম্দা ফমফমতল্লবদা লাইরেল

মৈতেংঙু থোংনাং ময়াম্বদি য়োইবু মশানৌগা থাগী করাংজি মথক্তা জগোই লেপ্লৌশা পোইরৈ পূম্নমাক্ত থোঙলৈ নোংথাং-কুপংকুম তুবিনা ঙাংলিবৈ ঙাংমিন্নবা লাইরেম্না ঙৌরিবৈ ঙৌমিন্নবা কমথৌ মঙাইরোই পূম্নমাক্ত হরাউ পুকমান্নবা রাংলেন পুংথংতৈ তম্মের শেলকাংথৈ পেম্না যন্ত্র থোংনা জগোই লেপ্লৌ কংলবগা অঙাল তাংলৌ থেঙলবদা পোইরৈ পূম্নমাদি মরান লোনযুময়াইদা হনরাইখিয়ে। থোংনাং ময়াম্বগী থোম্লেন মঙলাংচান্দা খোইয়ুম মৈথী হান্দোংবনা লাইরেল ইনোংয়াই-ও শংলৌ নথোরাংনা নম্নু ঐদি পূক্লিং হরাউরে। গুরু স্বামীজি অসিবু শিলোট মপুঙয়াইদগী খোইয়ুম ঐনা হিন্দু লমচং হাপ ক্ষেত্রি শাগৈলেপ কর্ত্তা মথং শিনহনগে হায়না খৌথোক্লুবনে উনবী মনীংথুংনা থৌখল-ও হায়রম্নবগা মদোম শাস্তু পখিয়ে। লাইরেল মৈতেংঙুনা পোইরৈ পূম্নাহুপ রাংঙম পাক্লা তাইনা মৈরম খা থংবদা ময়ুং লমশীং চাম্মা মফৈ লমশীং চাম্মা পাক্লা পুথ্রী লাইজ ইয়োক্কোম্নু তাওখঙলে। খোইয়ুম নামুংথা মালেম নৈশেম্বনা চীংঙু মতিক উৎনা মালেম নৈকক্লুংদগী লাইজ তরংথোক কংবী কংজাওপূ কোংবোল ঈরোইননা পুথ্রী মমাইচোম্না তাওখঙলে। পোইরৈ পূম্নমাদি নৈরাই চাংদোক্তুক্তা অকি পূক্লিংঙক্লা য়েংনা-খিয়ে। তুবি সনাখাদা য়াঙনা পাউহল্লবদা লাইরেল মৈতেংঙুনা মোইরাং ললহাম্ববু য়াঙনা পাউকৌহল্লে লোইয়ম ললহাম্বনা কংলা চেনকারকপদা য়াংলৌ লম্নখাঙদা চীংঙু সনামহি য়োইরেন-বনা পাউমেলজ্জাময়ে। "হে তায়ম অচানবা-ও লাইরেল

ইনোংয়াইগী শংলৌ মথৌরাংসিবু খোইয়ম ঐদি পূক্লিং হরাউ-
খোইরবগী থৌরৈ তেংবাংবীবনে" হায়না রাহমণ্ডাম্বু লাইরেল
সনাখাদা খোইয়ুম লাইবাউ তম্লবগী লিক্লাই নিংথৌরেম্না "হে
তয়ুম ললহাম্বা-ও ইয়ু লাইয়িংথৌগী মরনকুবু নাতাবদি হরাউরে"
হায়না খোংনাং ময়াম্বনা হৈরাং পুংবুরেম খেনমাইলাং শীংলেন
লৈয়োমশানা খোইয়ুম মখোণ্ডখাদা কৎচখিয়ে। মোইরাং লল-
হাম্বসু তরেৎ শেলয়ামপিনা হরাউহল্লে। থৌরম অসি মতুংদা
লৈশীং উনামতালবু হাংমৈ নারিললৌ তুবী ময়েকশেম লাইরেল
ময়েক্কৈ হৈকোই মশীংশু সনা পূম্নায়োম্না পুত্রী ইয়াইলাংদা
মোইয়ুরা লেপ্তুময়ুংনা ছুম্লেন পোৎলোইশু জৈগ্যা মণ্ডমহৌ বেদ
মন্ত্র শোন্না কোমহোণ্ডলে। থরো থম্বালথা শীংলেন লৈরমশু
খোইমু লৈনমইন পোনবী য়োমদমপৈনা হরাওনরে চীংঙু রামজি
নামুংবগী আগ্রা মফমওই লম্নোই পূম্নাতিন্না লৈহল্লে। অরাং-
লাইনা পাংবরম য়োইবু লক্ষ্মী কালিকা লৈহল্লে মোংবাহনবা
তল্লা উয়োকোন্দা মহাবলি মূর্ত্তি মশকশেম্না য়োংমু লাল্লুপ
কাহল্লে। স্বামীজি লাইবু নীংবস্নু শেল্লোই লংমাইজিংগী নাপোম
মতাকবদা আখারা মফম শেম্না লৈহল্লে। লাইরেল মৈতেংঙুনা
মমোম তম্ফা রাংণ্ডমলোন চম্পাকলোতা শীংলেন কুশুম্লেগুম্বীবু
গুরু সনাখাদা কৎচরে। রাবম অসি মতুংদা লাইরেল মৈতেংঙুনা
খোইয়ুম মরনকুগী খামরন মখুৎবাক্তগী রাজবলহোব লুরাংবনচিংনা
শামী লান্মী শাগোল শামু রোথ চুলাই থুংশু থুংলাই হিণ্ডই
য়াইওইরিবা পূম্নমাবু ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ ফাল্লো লাইমাখোম্বা

মালেম লৈশেম্বা কোরৌ নোংশেম্বা চীংগু অশীবা সনা খুয়ারেন্দা হৈরাং পুগুবুরেম থেনমাইলাং শীংলেন লৈয়োম চৈরোইননা কংচরবনে। অস্নুম কাযনা পুক্লমজরবগা লাইরেল মৈতেংগুনা গুরু স্বামীজি অথোইববু তাংজলুদাথোংনা রামান্দি ধর্ম্ম অচেৎপা রাম নাম শিদববু তাংজ লৈতোন থম্না শোল ময়ু খোঃয়ুম লাইয়িংথৌ যাংলৌ লাইমাখোম্বা চীংগু সনামহি যোইরেনববু উনবী পরৈচেংনা নীংজমনগী লাইরেল মৈতেংগু বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা নিংথৌ সনা মহাকথক্তা পোইরৈ তাম্থোগু ময়ুংকুই রাংগুম লেমথোগু মকৈ পাক্লা লৈপাক ‧তেম্নৌচিদাই নাইদনা নুংগাই য়াইবী মরাং কায়না মারম রাহোগুবা চেংজা পোংখিনবা চাবোক কাংদংশিন নাউহু খোংফাংলোং লৈপাক মমাম্নবদা পোইরৈ মীমাগুহেন তাংজ লম্নাইগাম্না পুম্নুং খাম্বী মৈরা মুক্তববু তানফংজযে। নদাইরেম ত্তয়ুম ইরাকমদি নয়ু লৈবু লৈনিনা নয়ু হোংনেম লুরাংনিংথৌ পুন্সিবা চারোন তরেৎ লোঞ্জিল্লৈ শুরোন তরুক তানফংলৈবু হোগুনেম লৈনিননা হোইরৌ হয়া লিতাংশাংবু মৈনা রাই তাংনা শম্না হোইরৌ হাযা লাউনা কোনশিল্লমগে। হায়া হে হে হৈযা হয়ি-ও॥



## —ৱাহৈগী অথ'—

অ

অশীবা— সনামহি, অৱাংকাল্লৌখোম্বা— সনামহি, অঙৌবা চনু— অঙোম নিংঙোল, অনা লাইকোক্লে— অনাবা ফৱে, অমম লৈশাহনবা— সনামহি, অপোংইংখোল— কংলাগী নোংপোক্তা লৈবা লম অমা।

ই

ইমোম— ইচানুপী, ইনুংশোইয়াইমদা— অহিং নোংয়াইদা, ইনুংশিলয়োমনুংদা— গর্ভদা, ইনোংয়াই— ইশু, ঈশিংতম্লেননুংদা— ঈশিং মনুংদা।

উ

উনবী— পুক।

ক

কোৱৌ নোংলৈতা মালেম লৈৱৈতৱিঙৈ— আকাস অমসুং পৃথিবী লৈতৱিঙৈ, কোৱৌ নোংহৌ-ও মালেম লৈশেম-ও— অকাস পৃথিবী শেম-ও, কংলা ফমদোংনোংদা— কংলা কাবা খুমিংতা, কাম্মখ্য— হিয়াংথাং লাইৱেম্বী।

খ

খোইয়ুম— লাই, খাম্বী— মৈ, খমগোল— নুংশিং, খোইয়ুম অশীবনা— সনামহিনা, খাওৱৌ খাঙশেংনবা— খাওৱৌ খাংদা য়েংনা, খোইয়ুম নামুংবদি— সনামহিদি।

ঙ

ঙাইখময়লিঙৈদা— ঙাইৱিঙৈদা।

চ

চরৈ মকাফোং মাল্লৌ মীমাগুতাক— ফিজেং কজনা শেত্তুনা।

ত

তরং— ঈশিং, তম্লেমংগী— মন্নুংগী, তেথোক তেশিন্নগুনে—
হন্দোক হজিন্নগুনে, তাংশকতে— থোশাদে, তৌশিক্লে—
তৌবনে, তাংলৌ— অহিং, তাউথগুলে— তৌরে, তরং
ঈপাকথক্তা— ঈশিং মথক্তা।

থ

থুপথরে— মাগুথরে, থানিলনোং— পূর্নিমা, থাগুগা য়ুমুম—
য়ুম, থোংনাং ময়াম্বা— গরিবনিরাজ।

ন

নোংলেনখিয়ে— মতম লেনখি, নুমিৎ য়ুংখাকপা— নুমিৎ
য়ুংবা, নয়ু— নবুধৌ, নীংথনজখিয়ে— থনখি, নীংদে মাগুদে
নৈরিগু— খঞ্জান্নরিগু, নোংপোক খাগী লাম্বদি— মৈতৈ
নিংথৌ খাগেম্বদি।

প

পরিং লাংশগুথা উকাক মাইরোংয়াম্না— পরিংথাবা, পারি ম্না
রাপীহন— ইচানিপা অহল, পায়মা খোইজংবী ভিল্লাং
খোইদাবী-ও— পুক্লীংনা পাম্বী-ও, পানাইদবী— মপা লৈতবী,
পীনাইদবী— মমা লৈতবী, পাচা নানমদা সেনকু থোদিংদা—
হায়না শীংনবা লৈত্রিবা।

ফ

ফুইগবরা— পোক্তবরা।

ম

মৈব্রেং— মৈ, মশানৌ অতোনবনা— মনাও অতোনবনা,

মা:লম লৈমিতয়া— পৃথিবী মওং লাক্লা, মিংথৈ তেরাম্বা— মিংচিনা য়েংবা, মৈত্রেং শানিক্লা— মৈগী ফিজেং শেম্ভুনা, মাল্লং ফেনজি ওইখরে— মুংশিত্তা তিনখরে, মৈতেংঙু— মৈতৈ নিংথৌ।

ল

লৈথিন নোংথিনখায়রে— লৈবাক নোংথৌ শেম্বরু থুগায়রে, লৈহৌ নোংহৌফদরে— লৈবাক নোংথৌশেম্বরু য়াদরে, লৈথিন-খায়গে— লৈবাক থুগায়গে, লৈতিনথোক— তিম্ভোক, লাইজ ইপাল লাংবদা— ইরুজবা ঈশিং শোকপদা।

শ

শংলৌ মথৌরাংনরিঙৈনে— মানা শিনবা থৌরাং ওইরিগনি, শালথঙলবগী— খঙলবগী, শানশেম্লে— শেম্লে, শায়েঙ পানগা পায়না— মথুং শায়েঙ পায়না, শালওলয়াম্লা— মপোক য়াম্বা।

হ

হাংক্লোকফম— মচা পোকফম, হয়ি হয়া হে হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ— ইপা ইমা ওইবা হে অথোইবা লাই, হংঙোই লোইদামচাবু— হংঙোইবু।

---

লোইরবা

## —ফোংখ্রবা লাইরিকশিং—

১। লৈমরোল সেক্কীং
২। খামমোই য়াংমোই
৩। খম্নাংপরারী অছুইরোল
৪। থোৱানথাবা হিরান
৫। শলকাও
৬। রামায়ন
৭। নোংপ্রং
৮। অরিবা মৈতৈগী শৈথা
৯। সনামহি লাইছুই — মমল লুপা ৫.০০

লাইরিক কংকম — পিপলস ম্যুজিয়ম ককচিং
কোপী মশীং — ১০০০

[illegible]— পিপলস' প্রোগ্রেসিভ প্রেস, ককচিং বাজার।